# অহন য়াথং

ইজবা

লাইনিংহন নাওরিয়া ফুলো।

ইঙা থা ১৯৩৩ ইং অপোকপা চহিবোন ওঙবা

মমল লুপা ৪/-তনি

# অহন য়াথং

## বাহৈ থরুদং

অহন যাথং হায়বা লাইরিক অসি নাওখিয়া লাইনিংহন ইবুঙোনা লে খোক্লুনা থম্বিরম্মী। লাইরিক অসিদা ইবিরম্মিবসি,—নাহাগী মফমদা অহন্না তাকপিবনি। তেংবানবগী মপু হায়রিবসিবু লৈ লৈতে হায়বগী মরমদা অরেম্পা পাওতাক, তাইবং মীওইবনা তেংবানবগী মপু ইবুঙোগী মতিক, ময়াই, মঙালবু ফংজগে তাম্লকপগী,—লাইনিং লম্বীগী মরি মথোং অমম্লং মুম্বানলোনগী মরম খিবিরপু নিংথিজনা চংখোম্না নাহাগী মফমদা অথোইবা পাওতাক পিহুনা থংহল্লি।

১। মোইরেংজম মুনাল, অপোকপা মরূপ থৌসং মসা
২। ঐ মনাও মোইরেংজম বাচা

শগোলবন্দ সয়াং লম্বী
কোয়োলম লৈকাই।

অপোকপা চহিরোন ৪০ সুবা
১৯৭০ ইং

ভুং সিদবা

অপোকপা মরুপকী মীতৈ মরুপকী

মীতৈ মযেক শাজবা থৌপুবা কালুপ্পা

পোইনু—থাবুং ১৯৮৩ ইং দা অমুক উনম তৌজবা




মীয়ামগী ননাই

নোংথোম্বম নরান

লুবা শংবম।

লাইরিক ফংফম

য়ুন্নামগা নৌবা মঙাং

শামুথৌ লাকপা অমদৈনমা লেম্বুং কৈথেল।

লাইরিক শন্দোকপা

য়াংঙ শাবলদা নৈবা মীতৈ লৈমা বাশে

মীতৈ মরুপ

চহিরোল ৪২ শুবা পোইনু থাবুং ১৯৮৬ ইং

# অহনব য়াথং

' খুরুমজে অপোকপা লাইনিংথৌ যাইকবা
নওংনা নতৌনা তেংবানবা ওইরিবা ॥ "

নাংগা—তাইবং তবং মালং পুম্নমকপু শেমাথিবা মপু ইবুঙোবু খুরুমজনা অহনগী থুয়া থাদা চংকহনা ননাইনা হংগৎচৈ ।

ঈপূরোই অপোকপা হায়রিবসিনা অসৎ-চপ্ত তাইবং পানবসিবু সেম্মি হায়বসি ঐনা রাখল তারকপদগী হৌহনা অহনসিংনা হায়নবদগী তাৎজ, পুক্লিংদা ওস্পোক্না থাজনা তৌজৈ । হৌজিক অসিদা লাইনিং লম্বীসিনা মদা লোংমনখিহনা অমস্তুং থীওইব-সিংসিনা হৈবা সিংবনা অস্তুম্না হেজিল্লকুনা মহাক মহাক্না পুমিংবা পরিদা পুহনা হৈন হাইবস্তু চুমহনবা, হৈদতে হায়বস্তু চুমদল্লকপগুম্না তৌরকপা মঙাংসিদা নদা রাখল থেনবা ঐথোয়দি চিংনবগী ইহন্দা হৈদহনা হৈদজরে । মচিনহৈভদা থাজহনা তৌরম্বা পুম্নমকপু সমজিনবা ইত্তম ঙমজখিত্রে । ননাইনা ইবুঙোগী থুয়া থাদা হংগৎচরি,—মাহাবু চানবীগনি, মরম খিবিক তাক্পিগনি ।

"ঈপূরোই অপোকপা" হায়হনা খোল্লিবা মিংথোনসিবু কনি হাক্রুক্কগী খোন্‌খিবগে ? অচং চংতা তেংবান্‌ববু মতৌ করম্না সেম-খিবগে ? সেমবী হৈবা ইবুঙোহুমকুপু হৈল-হৈলত্তে হায়বা অতাবা পাওসি থংজনিংঙি । ননাইনা চংজরিবনি, মরম পুম্নমকসি মথংসিংনা হায়রিগনি ।

অহন—নহা, নংনা হংভিবা বাহংসে ওস্থোক্না লুখরে, হায়বদি,

ঐনা মসি পুম্নমক্কী বারেং পাওখুম পীবা ঙমলোই হায়বগী নাত্তে। মরম খংনা পুকনিং অমতা ওয়বা অমস্তুং হকচাং শেংনা ঙাক্লগদি ক্রি অমত থংহৌগদবা লৈতে, মতাং য়াওদবা উ তাংনা ঈশিং সোকপগুম্না ওয়গনি। ঈপুরোই হায়বদি ঈপু- লাইবা রং চৈ অনি সিনা সুপতুনা ওইথিব রা'নি। হায়বদি, ঈপু পুমলোই লো ইরবা থললবা মহাক্কী মথক থোংবা লৈখিত্রবা হায়বা বানি অংস্তুং অ পাকপা হায়বা বাইহসিস্তু ঈপুরোই হায়বসিগা অমতনি। অচৎ চংতা পুম্নমকপু মহাক্না পোকখি সেমখি হায়দুনা অপোকপা অস্তুম্না হায়বা মিংথোনসি লাইনিং অহন ইবুঙোসিংনা থোনখিবমি মিংথোন হায়বসিনা থোম্নরিবসিনদি লৈতনদি থোনবা হৌনদে লৈতে হায়-রিবতুস্তু অরৈবনি। লৈতনদি থোনবা হৌনদে। লৈবা মরম্না লৈতে হায়নরিবনি। লৈপান অমদগী শংৎপা লৈ ময়াম্না মচৈ য়ানদে, অয়াম্বনা কেনখিদুমা থরতনা মহৈ য়ালহৌই। কেনখিবতুস্তু পাম্বৈ-দগীনি মহৈ য়ালহৌরিবতুস্তু পাম্বৈদগীনি।

লৈ হায়রিবা অমস্তুং লৈতে হায়রিবা অনিসিগী হৌরকফমদো মপু ইবুঙোগী তুংভম্নি। অরৈবদগী লৈবা অমস্তুং লৈতবা হায়রিবা অনিসি থোকখি, লৈতবা হায়বতু মতোমত ঙায়রমলবদি লৈবা অমস্তুং লৈতবা হায়রিবা বাখল অনিমকসি লৈরম্মোইদবনি। লৈবা অমস্তুং লৈতবা হায়রিবা বাহৈ অনিসি লৈরিবনিনা অরৈবা অমা ইলৈ লৈতবা য়াদে। অহনশিংনস্তু হায়নরি-

"সমনা তুন' হৌবগুম

"নাপী সিংবী পোকপগুম
তেংবানবসি ওইবনি
মপু নাকপু তানবনি ॥"

তাইবং মিং/য়ংনা রাখয়া য়েংবদগি সম-তু হায়রিবসি হকচাংদগী মতেম মতোমতা হৌরকই হায়না খংনৈ। উরি উপাল পুম্নমক্না মালেমদগী হৌরকপসি মতোম মতোমতা হৌরকপনি হায়বসি রাখয়া ফংনৈ। পুম্নমকপু হোইহন্নকইবা ওয়হন্নকইবা ময়ায় শমদি লৈতবা ইয়া য়াদবগুম অম। থোকই। মাহুৎ মপু হায়রিবনি, মহুৎ ঈপুরোই অমসুং অপোকপা হায়রিবা মিংথোনসি তইবং ঐথে য়না খোল্লিবনি। নাপী শিংবী, সম তু পুম্নমক্না ওয়রক্লিংসিবু মপু ইবুঙো অপোকপগী মতিক ময়ায়দগীনি। পুম্নমকসি ইবুঙোগী মতিক ময়ায়নি, পুম্নমকসিদা ইবুঙো মহাক্না সিন্না থুংনা লৈরিবনি। তাইবং মীৎয়েংদা মপান মায়খিত্রে হায়রিব অতিঙা নোংদোননা ইবুঙো মহাক্কী মথোংনি। মৈ-ঈশিং নুংশিৎ অমসুং লৈপাক হায়রিবা মরিসিনা মপু ইবুঙোগী লূ-তোং মরি মতাংনচিংবা ওইহুনা ইবুঙো মহাক্কী হকচাং ফিরেপ ওইরিবনি। তাইবং মীওইবগী উননা মপান্দা কুপহুনা লৈরগা সম তু থুজিননচিংবা পুম্নমক হৌরকইবা অসুম্না মালেম লৈসাদগী নাপি শিংবী পুম্নমক হৌরকলিবনি। তাইবং হকচাংগী মিং নাকোং থুংশা পুম্নমক্না নিঙকপা মতুং ইম্না লেং খোংপা অসুম্না তেংবানবসিবু মপু ইবুঙোগী পুকনিং মকুং ইননা মুংশিং সিংপ খোং লাওবনচিংবা পুম্নমকসি ওয়রিবনি। তাইবং হকচাং পুম্নমকপু থোরিবা মপুহুৎ থোরায় হায়না খংনরি।

থৌরাঙ হায়রিবসিনা। হকচাং পুম্নমক সিননা থুংনা লৈরগদ্রা তেংবানবগী মপু ইপুরোইসু তেংবানবসি সিননা থুংনা লৈরিবনি ইবুঙো মহাকনা তৌরিবা থৌরম অহুতনা তেংবানবগী থৌরমনি। হকচাং কল্লাংনুংদা থৌরাঙ হায়বসি লৈবনা সম ঙু থুক্তিন্নচিংবা হৌরকপনি। অপোকপা ইপুরোইনা তেংবানবা মিন্ন থুংনা লৈবনা নাপী সিংবী উরি উপাল পুম্নমক হৌরিবনি। খোংক্রুম মাইরেমগী শাম্বী লৈবা মরমদগী মসা লিশিং লিশিং লোংথিহনা খোংক্রুম মাইরেল লিশিং লিশিং পানথিবগদবনি। মতম অসিনা তেংবানবদা লৈরিবা পুম্নমক ইবুঙো মহাক্কী মরোং সকতম্বু পুকনুংগী তিলগী মরম ওইরিবা তাইবং মীনা হায়ব ভম্বগী থবক লৈতে। ইবুঙো মহাক্কী মরোং সকল্প ওয়গনি। ইবুঙো মহাক্কী থৌরম্না তেংবানবগী থৌরম ওইবা মরমনা তেংবানবসিবু ইবুঙো মহাক্না শেম্বনি হায়দুনা হায়নরিবনি মৈ-ঈশিং-নুংশিং-লৈপাক-অতিঙা মচানা তিনবগী ইবুঙো মহাক্কী মরোং লৈপ্লিবনি। তাইবংপানবা থিবিকতি মহাক্কী মসা মনুংদা ঈশিংগী কোংগোলগুম্না লৈরিবনি।

নহা—অহন ইবেঙা হায়রিবসিনদি তেংবানবগী মপু ঈপুরোইদুনা মথুংমক্ত মেৎতুনা তাইবংপানবসি সাবদি ওয়রোইদমালে। অহুনদি তাইবংপানবা ওয়বকলিবা পুম্নমকসি মসাগা শাগোম্নবা মরায়গা .লায়নদুনা মতোন মতোমতা ওয়জবকপনি হায়বনিদা করিসু হেনজিনা হায়বা অরানবা বাদি ওয়রবোই থংলরে। অরোম্নমদি অহম্না বাখি ওয়না লিবিথীবদা তেংবানবগী মপু ইপুরোই অপোকপা

ইবুঙোমক্না সোরারেন সিদবগী চক্ষু অহিংবা মমুংদা সায়োল্লহুনা হৈ লৈ উরি উপাল হডোই ডামু য়োং অমত্তুং মী শেম্বা হায়বসিদি করম্বা য়াফমগীনো? মসিমতং ননাইনা খৌরাংজে।

অহন—নহা, মরমসে ওন্থোক্লা লুরে। মমুংবুস্থ মপাননি, মপানবুস্থ মমুংনি হায়বগুম্না থোক্লে। তাবা হৈত্রবদি কোক য়াম্না ডাওগদ্রে। হাননা ঈপুরোই অপোকপা হায়বহ্ করিবুনো নিংথিনা থংফম থোকপনি? মহুগী মরমস্থ ঐনা মথক্তা হায়থরে। নংনা হৌজিক হ লিবসিগী রাহনদি—সিদবা মপু ঈপুরোইবা তাইবং পানবসবু মথুৎমকনা লেৎতুনা সাবস্থ য়ায় সাত্রা হায়বস্থ সাদে হায়বদিঃ—পান্দম অমা অহুক হায়রগা, য়োৎনা শাবা মুংথং অহুনা য়োৎ হৈয অমত্তুং থুংলাই অমতনদি পোৎসক অমা পুথোকপা ঙমদবা অহুপ্পুন্দনা মপু হবুংঙোগী মসানা ওয়রিবা মৈ ঈশিং মুশিং লৈপাক অতিডা মডাসিনা চাইনরকপদগী অয়াম্বা নাপি সিংবী উরি উপাল তিল-কা, মহিক মতাংমচিংবা পুন্নমকসি মশাগা সাগোম্বা ময়ারগা লোইনদুনা চোংথোকথি। চোংথোকথিবা পুন্নমকসিনা ঈপুরোই অমা লৈ হায়বসি সিংথাব ঙমথিদে। ঈপুরোই অপোকপহুনা মহাক অমা লৈ হায়বসি সিংথাহনবা হায়হুনা মসামক্তা সন্নামহৌ ওয়না সায়োনথি। ওয়থি ওয়থিবা পোৎলম পুন্নমক অহুগী মচনসিংহুদগীস্থ অথোইবা লৌথৎলহুনা তাইবং মী হায়বহ্ সেমথি। মচন তিনঝাল্লকপদা সোয়ন থেম্মবিহুনা তাইবং মী হেকনা পুথোকপা ঙমখিদহুনা হডোই ডামু অমত্তুং য়োং সেমথিবনি। ইকোন কোনবদা সন্নামহৌনা সোরারেন সিদবগী মমী য়েংহুনা মচন পুন্নমক চপ চানা

তিন্নহুনা তাইবং মী সেমখিবনি। অথোইবা মচম্ন সেমখিবা তাইবং মীনা চাননবা হায়হুনা নাপী শিংবী হৈ লৈ; উরি উপাল থরম্নু সন্নামহীনা সেমখিবনি।

নহা—ননাই ঐ, হায়রিবা মরমসিদা চাং অমা খংজরে। চিংনবা মতাং য়োৎরকপদা ননাই অমুকস্নু হংগৎচগনি। মপু ইবুঙো ঈপুরোইগী মরমসি খরম্নু খংবগুম, চাননা খংদব্রা হায়রম্নু পুক্নিংদা ফিংনবগী কিসিসি পুমথোক থোক্তবগুম তৌই। হ'ম্না রারি থরতং তাজরগা কে'ম্না ঈপুরোইগী মরিদা অমুক্তা হংজগে। লৌজিক হায়বিখিবা রারিগী মতুং ইম্না ননাইনা অহুক থনজবদা, মপু ইবুঙোগী য়াওন মতুং ইনহুনা তেংবানবসি মসা মসানা খরা অমা ওয়খরে অমম্নুং সনামহী ওয়না সায়োম্নহুনা তাইবং মীনচীংবা কয়া অমম্নু সেমখরে। তাইবং পানবা হায়বহু চপ চানা লেপখরে। অম্নুম্না লেপপ্রবা তাইবং পানবসিনা, মপুনা পিনবা লৌশিং অমম্নুং মিৎ নাকোংনচিংবা খুৎলাই মপান তাংহুনম্নু চৎহুনা পোকপদগী সিবা তানবা ফাওবা অম্নুমক লেনবা য়াবনি। মসিদগী পোনথোই ওয়না চাদ থক্কবা মথৈ লাইনিংবা হায়হুনা তৌরিবসিবু করিগীনো খং-জনিংঙি।

অহন—নহা, নংনা হায়বগুম্না তায়বং পানবসি মতুম্না তৌহুম্না লেম্নিবমকনি। সা, ঙা, উচেক-রায়া হায়বসিনা মপুনা পিনবা লৌশিং অমম্নুং মিৎ নাকোংনচিংবা খুৎলাই মপান তাংহুনা, সু-চৎ-হুনা, চা থক্কনা পাম্নিবমকনি। তাইবং মী হায়বসিদি মপুগী অথোইবা মচম্না, মচন চপ চানা তিনহুনা ওয়খিবা মরমদগী লৌশিং

অমসুং বাখলগী মরমদা তাইবংপানবা পুম্নমক্কী পুমহেন্নি. হেনজিনমনখিদ্রনা মসাবু মসানা বারকপা ওয়্নদে, অমসু' পুম্নমকী মথক্তা মপু অমা লৈ হায়বসি তাইবং মী নত্তনা কনা অমতনা হায়বা ঙমদে। ফৌইতম্বসুং পুম্নমক্তগী লৌশিং থোইবা মরম্মা তাইবং মীওই-বনা কনাবুসু কনানা উশিন্দ্রে। মপু হায়বহু কনাসু নত্তে মহাক-মকনি হায়না খল্লি। লাইনিং থৌরম হায়বসিনা চৈরাক ওইহনা তাইবং মীবু লাক্লিবনি। লাইনিং থৌরমগী মপাম্না তাইবং মীনা অফবা থৌরম হায়বহুগী লম্বী ফংহনা অথোইবা মপুগী মসেক মঙালনা তাইবং পানবদা অথোইবা থৌরমজবু তৌরিবনি। সিদবা মপুগী থোজাললনা পোক্লবা অমসুং সিরিবা তাইবং মীওইবনা সিদ মিংথৈ ফংলৈ।

নহা—অহন ইবুঙো, ননাইনা হঙ্গৎচরি। অহম্না হৌজিক হায়বিখিবদা, লাইনিং থৌরম হায়বসিনা মীওইবগী চৈরাক ওয়হনা তাইবং মীওইবনা মপুগী মসেক মঙালনা অথোইবা থৌরম তৌরি-বনি অমসুং মপুগী থোজাললনা সিদবা হায়বহু ওয়বা ঙমগৈজ হায়-বসিগী মরমদা ননাইনা ওন্থোক্লা থৌরাংলৈ। অহম্না চানবীহনা মসিমতং হায়বীউ :

অহন—অহুদি নহা, পুক্লিং তপনা তাও। লেমফু হায়বসি তাইবং মীওয়বগী লুপ্রবা মফম অমনি। লেমখরফু লেমফু হায়বসি তাইবং হকচাংগী অথোইবা ময়াইগী হৌভম মভাম্নি হায়বা বানি লৌশিং অমসুং বাখলগী পোক্লফম্নি। পুক্লিংনা নিংবগা মঙোন্দা থেংবগা চপ মান্নে। হকচাংগী শিংলি তাংলি পুম্নমকপু নিংশিংবা

পৌরিবদি লেমফুনি। মহাক্না থৌরম হেক তৌরকপদ হকচাং পুম্নমক সিনবা থুংনা নোংথাং হেক্তা চৎলি। হকচাংগী মরি মতাং সিংলি তাংলি পুম্নমক্কী হৌজম য়ুম্ফমদি লেমফুনি। মরম অসিনা হকচাংগী মফম অমদা করিগুম্বা অমা ওন্নবদা হকচাংদা হেক পাম্লিবনি। পুন্সিংনা নিংলগা রাথলনা মৈ চমহুনা লেমফুনা নোংথাং ওয়হুনা হকচাং পুম্নমক সিম্লগা, হকচাংগী ঈ তোংগী অথোইবা মচন ফম্বীসি পোক্কনা ফম্বীকোন্দা তু লগা মহুদগী তাইবং পানবা ওথরক্লিবনি। পান্দম অমদা অহুক হায়রগা অথাক অরাও তাবা মতমদা লৈবাক অহুদগী সুংহুনা ওয়থিবা কোন্নী অমসুং মুং মচেৎকী নোংমৈ সিংজং ওয়বগুম্ন হকচাংগী লু-.তাংদগী ফম্বী হায়-বসি ওয়রিবনি, অমসুং পুক্রিংনা রাথলবু থোরগা রাথম্না লেমফুদা মওং লেপ্লগা তাইবং মীওয়বগী রাথলনা মওংহু উবা ফংজৈ। রাথলনা উবা মওংহু থুংনা শাহুনা পুথোক্লগা তাইবং মীওয়ৎনা মিৎনা উবা ফংজৈ। অসুম্ন ওয়রিবা রাথল মওংসিতবু তাইবং মীওয়-বনা পোক্লকপদা সাগোম্নরক্লগনি। তাইবং পানবগী পুক্রিং অমসুং রাথলনা লেমফুসিবু অপাম্ন মুংশিরোমদা থৌদাদনা অফবগী মরম অফবা থৌরম অমা তৌনবা অমসুং সিদবা মপুগী মরমদা পাংম্নবা তৌরবদি তাইবং হকচাং হেন্না মনথবা য়ারোই। তাইবং হকচাং ময়েং তাথিদবনা পুন্সিদবা ইয়া য়ারে'ই অমসুং মপু ইবুংোগী মরম হায়বসিনা মপান নাইদনা চাওথিবসিনা মসিগী মরমদা তাইবং মীওয়বনা থম্নরকপা মতমদা অতৈ অতোপ্পা রাথল তৌরবগী

মতম ফংনদে। হু না ভুমবা লৈথিত্রবদি মরোং কায়থিদবগুম্না হকচাং ওয়রিবা পোৎচংনা মরেং তাথিত্রবদি তাইবং মীওইবনা লাইথুংগী চৈফুনা শিবা তৌনদে।

নাহা—অহন্না থোজাদবিউ। ননাইদি মসিগী মরমদা থক তাজবা লৈথিত্র। অহন্না মতাংসিগী অমুক্তা নিংথিনা লিপিউ।

অহন—নাহা, পুক্নিং থিংজিন্না তাও, পুক্রিং খজিক্কং চোয়বদা পুমচায় চায়বিগনি। এনা হৌজিক হায়রিবনা লেম্ফ হায়ব বাস তাইবং পানবগীদি ওস্ত্রা জুঞবা মফম অমনি। লেম্ফ হায়বসিনা তাইবং পানবা পুনস্ক ওয়রকপগী মচন ওয়রিবা অথোইবা পোৎচং ফগী হায়রিবসিগী পোক্ফম্নি। অস্তুম্না ফগী হায়রিবা সিদি নৈম ঈশ-মুংশিং-লৈপাক-অতিও মডামক্তী অথোইবা মচন্নি। অথোইবা ময়ামগী থু ওমান। ফগী অহুনগী থনিক অমতং লাকইবহুনা মরোং অমা ওংহুনা পোক্ননহইবাসনি। তাইবংপানবা সন্দারকইবসিনি। উটৈ বাটৈনা লৈপাক্তা তারগা মতোন চোংহুনা হৌরকপগুম্না ফগী অসিনা তাইবং মও ওয়রিবা উফম অহুনা তাইবংপানবা অসি পযহুনা পালবসিনি। ফগী হায়বসিনা অথোইবনি, পোৎচং মডাগী অথোইব মচন। তে বান্দগী মপু ইবুংগোগী মতিক ময়ায় লৈবা মরমদগী অরুপ রাথস, চানিংবা, থরিংবা, কল্লকপা মিহৌবা অরাবা নুংাইনচিংবা মখল মথা অয়াম্বু থোক্লিবনি। অস্তুম্না ওয়রিবা ফগীসবু লাইনিং অহনশিংনা য়াম্না লুনা লোয়রৈ। মসি নত্তনা লাইনিং লগী চুম্বা ওমদে হায়হুনা য়াম্না লুনা ডাংগৈ। মহাকপু নত্তা মপু ইবুংগোগী কোনবু ফংবা

ঙমদে হায়দুনা হায়নরি। ফম্বীবু থাদা চাদথদল্লবদি মরা মথেং তাএ। মৈতানগী মৈদি মচাল লৈতবা মরমদগী চেগপা চপ্পুনা পুছনা চৎলবস্থু অমম্বদা লম্বী খোং লীল কাংনচিংবা অরি অমত্তা উবা ফংদে। মরম অদুনা অংম্বদা পুক্লিং য়াম্না তেয়াং তশোইয়ে। মৈবুনগী মৈরাদি ঙাম্বনা লম্বী চৎপদা য়াম্না নুঙাইইয়ে, অমস্থং য়েক্লবদগী চকচাং কনবা ঙমজে, অফবা ফল্পুবা পুম্নমক উবা ফংজে। মরম অসিনা ফম্বীবু মাংহল্লবাদি মথেং তাংহল্লংদি সীং হাপ্পবা মৈতামগী মৈতন্না মতাল লৈথিদদনা মপু ইবুংগোগী লৈফম লম্বী উবা ফংদে। লমগী লৈহাও লৈরিবা মথৈ উরী উপাল থিরিক্লা ময়াম কান্না মপুং মবা চাওনা চংথোম্লা হৌরি। মহাও লৈতবা লমদি নাপী সীংবী উরী উপাল, লৈপাল লৈপাল অরি অমত্তা হোবা ঙমদে কংদুনা তোকই। সিজবস্থ সিক্লম নাকম তৌদুনা মপাল শাৎপা ঙমদে। মরম অসিনা ফম্বীবু লেংহন্দনা লেমযুদা চেংনা লোইশিন্দুনা থম্লিবা লাইবক ফবা ইবুঙোসিং অদুতনা সিদ উপাল ওয়রিবা ঈপুরে ই অপোকপবু ফংজখি। অপাম মুংসি ঈপান্থা তাওরিবা তাইবং চানা মপু ইবুঙোগা ফংনবা ঙমখিদে। হে নহাক্লপ —অখোইবা পোৎপু চেংনা লোইশিল্লু, তাহাক্কী কুমৈনদি ঙমজবা সিংলি। তাইবং পানবদা মচাপা মম্বুগা লোয়মদুনা মুংতাইরে হায়রিবসে ঙহাক্কী কুমৈনি। ঙহাক্কী কুমৈসিদি উয়ান চাকতিনবনি মরম অসিনা মায়োল চুমগনি। অহম মাক্তা থনগনি

'মপু নিংবা মনাইনা
য়েংকা ওয়গা পায়দুনা

অহম য়াথং ইজরি
সিদ উপাল তাজরি ॥”

নহা— অহল ইবুঙো ননাই ঐ থবা ওকচরে। য়ারীসিনদি ইপোকচৈদগী তাদবা ওয়রে, অহমা লীবীরিবা বারীনদি ময়াম ওয়খরে। অহন ইবুঙোনা থোজানবীহনা অমুকাংগা হনবীয়ু।

অহন—হে নাহ', ঐনা হায়রিবসিদি আসিনি। কন্নীগী মওংদি নংনা ঐনা লিংঙিবা অহুতনা মহাক্কী মওংনি। অফবা নিংঙে অফবা মও'নি। ফত্তবা নিংঙে ফত্তবা মওংনি। নিংকম লেমফুবা মহাক্কী লৈফম ওয়বা মরমদগী নিংবা নিংবা নওং ওয়রিবনি। অপাম মুংশি ইপাক্কা তাওরিব', তন্নদো য়ুম সাহনা লৈরিবা ভাইবং মীদি ভাইবং লমজাও সন্দোকপগী মাইগৈদা লৈরিবনি। মৈয়ানগী ঈথক্কী অমস্তুং ঈশিংগী থোঙ্গোলগী মতমওয়া মওং অমদগী অমা ওয়দুনা হায়বদি—পোকপগা লিবগা ওয়দুনা মথং মনাও নায়না পালিবনি। অস্তুমা ওয়রিবা ভাইবং মীসিনা পুক্নিং লমচং চুয়নবা হায়দুনা লাইনিংবা হায়বা লম্বীসি সেমখিবনি। ভাইবং মীনা নিংবা পুক্নিংগী মতুং ইন্দুনা মচা মস্তু ফংজনগা ভাইবং পানবগী মুঙাইবা হায়বস্তু ওয়রৈ। লমচং চুমদবা ফত্তবা মচা মস্তু ফংবা মপা মমা সাগৈ মাচৈ পুমনক্কী অরাবা ওয় মরম অসিনা অহনশিংনা হায়নরি, —

“ফজবস্তু ওয়রসনু
পালনস্তু কজসনু।
লৌশিং মৈরা চাওরসনু

মচাক ময়ন লৈরসমু
পু'ক্লং সেপ্পা লীচৎনা,—
বাখল মিৎয়েং চুমদনা।।
সনয়ুং চোংবা শক্লোমশুম
হুইগী মিয়েং তাবশুম।
তাইবং চাদি চমখিয়ে
উৎকী মতম থেয়খিয়ে।'

হায়গ্রিবসি ওন্থোক্লা চুংথবা বানি। ঐ-গী পুক্নিং চাকচা চুং-ত্রিবৈদা, হুয়ানবগী বাখন্দা ঙাউহুন। লৈবিবৈদা হুয়ানবগা তিল্লহুনা হুয়ানবগী লীচৎ সাজৎ চৎলিবৈদা ঐগী মুপীহুনা মিহুন হুনগ্র-বদি ওইবক্তদৌরিবা ইচাহু সোইদনা হুয়ানবা ওয়গনি। ওয় ওয়াদ হায়বসি থাইনদগী লীনয়কপা য়ারী তাবগা নংগী পুক্নিং লেপনি 'প্রহ্লাদ' হায়বা নিপাহুগী মপানা, প্রহ্লাদা পোকত্রিউদা তে বং-নবা মপু হায়বসি ওনথোক্লা য়েন্নবনি হায়দুনা থনখি। তুশ্ব', হিপ্পা, চাবা থকপা মতম লৈবখিবিক্তা থাংশাং অমা পায়হুনা উন-বগা চায়নগনি হায়হুনা থনখি। মতম অহুনা প্রহ্লাদ পোকখি অহুম্মা পোকথরবা প্রহ্লাদদো তেংবানবগী মপুগী মথং ওইনা পে ব্লু-কই। মপাগী য়েক্লবা ওয়খি। 'উত্তানপাদ' হায়বা নিংথৌগী মচা "ধ্রুব" হায়বহুনা পিশক পিক্নিবৈদগী লাইনিংবা ওয়খি। মরমদি,—মপা নিংথৌনা লাইনিংবা অহনাসেবু ইরাংখি, মসামক্তা লাইনিং য়াথলদা লুপখি। 'জগন্নাথমিশ্র'না লাইনিং চেৎনা নিংহুনা ফংখিবা মচা নিমাইদো অয়াম্বনা লাইনি হায়নৈ। অহুনা

কে নাহাক্নপ,—লাইখিং লম্নীবু 'হুম্বানলোন' হায়ন্নিবসিনি। লাই-নিং লম্নী ত নকপদগী পুক্নিং চেৎলকতুনা ভাইবংপানবগী অরাম খোৌরাং থাবা ভমজরবদি মীচু লেম্না মাংকে, সিদ উপাল ওয়তুনা লৈবা ভমকৈ।

নাহ'—অহন ইবুঙো', ননাইনা অমুক্তা হংজগে। ভাইবং 'খো'বাং থাবা ভমজরবদি মীচু লেম্না মাংগে, সিদ উপাল ওয়বা ভংকৈ হায়বা অমম্নুং অহন্না মথক্তা হায়রীথিবা, —

'মপু নিংবা ননাইনা য়েংকা
য়েংকা ওয়গা পায়তুনা ৷৷'

হায়বা ৱা'খলসি ননাইনা কম্না লুকপা ভমদরে। খোজালবীহুনা ননাইগী মফমদা অমুক্তগা হায়বীউ।

অহন —হে নাহা ভসিদি মতম লেংথগে, ৱারী মথা তারনুসি হযেং নুমিদাং অমুক্তং লাকখো। ঐস্নু লীবা হোকবা ৱারীসি নংগী নফমদা মথাক চমন থম্লিংগে। নহাকপুস্নু চয়ক চহীং লাইনা খাদোকপস্নু পুক্নবা পামদে। নংগী নফমদদি ঐ থুপকে হায়বা নিংদে। নংনা খোৌরায় য়াওনা হংবসিনা নংবু ওস্নোক্না খংহন্নিংই। নংনা তারবা ৱাৱিসি থবতং ওইরবস্নু নংনা মপুং ফানা খংদিবা মথৈ কনাওম্বনা হংলবস্নু লোংমা নিনিসিদি মীভোন্দা তম-খোকলুথিগম্নু ভসিদি অস্নুনক তেনখিলখিসি।

---

# মতাং অনীশুবা

নাহা—অহন ইবুঙো ননাইনা শুক্নমৈজে। অহনগী মফমদা বারীশি খংজনিংবা মরম্না ননাই ঐ তুম্বা চাবা য়াথিদ্রে। ননাইগী ওন্থোক্লা থৌরাংবা হায়বদু ওয়জরে। মরম অদুনা মনাইনা ঙসিসু খঙরিবনি। ঙরাং ননাইনা হংজবা রাহং অমা অনীদুগী চেথোমতা রাথল তৌবদা মপান ফংবা ঙমজখিদ্রে। ইবুঙোগী থৌজাল নত্তনা মনাই ঐগী করি অদম্তা পাজল লৈজদে।

অহন—নাহা লৌশিং খোইবা, তাইবংদা পেংক্রংসু সিদবা ওযবা ঙমজে হায়বদি, লৈরিবা ঈশিংদু খক্তসু কাখিদ্রবা, লৈনুংদসু চংখিদ্রগা, মীনসু লৌথোকখিদদনা লেংদনা লৈথ্রংদি মথেং তাবা হৌনদে, মতম কুইনা ঈশিংদু মনিং অমা লাংদুনা লৈ। অদুগুম্নদুনা লাইনিং লম্বীদা চেংনা লৈখিদুনা তাইবং থৌরাং খা-রবদি মীদু সিদবা ওয়জে। মহীগী মরিক অমনা তাইবং মরোং অমা ওয়রে। তাইবং মরোং অমনা প'ত্রবদা চহী য়াংখৈদসু পুনসি মরিক ময়াম অদু লেংদনা লৈথ্রবদি চহী কয়া পুনসিগদৌরিবা রাথল তৌদুনা য়েংঙে। লাইনিং অহনসিংনা হায়বৈ,—

""মরিক্না য়াইবী য়েম্নৌ লৈরিক্লি
মরিক্না লিশিং কোমজাও মপৈনি।
মরীকী ঈচেল থোংজাও কংলগা
য়াইবী ঈফুৎ ঈনাং তাক্লগা
য়াইবী কোন লৈরাং লৈনম চনগনি

নাহানা বাথল তৌবা মতাংনি।

অত্তুনা মরিকপু মাংহল্লবদি সিবনি। মরিকপু কল্লবদি পুক্সিহনি। মরিকপু কল্লরবদি মযেক্না তাইবং খোরাং থাগনি। সোইদনা চিদগা ওযগনি। মরিক কল্লবা মরিদা অহনসিংনা অয়াম্বা লম্বী পুথাকখি। কনাগুম্বা অহন্ন মীচিকখোন, যেনচিকখান তাদবা মফমদা লৈরুরগা হিংডি হায়রৈ, কনাগুম্বনা তেংবানবা মপূগী মতিক ময়ায়দা সক সোন্দুনা লৈরগা হিংডি হায়। পুম্নমকসি অফবা মতু ওইরবত্তু হন্দোরকপা নায়রে। সামুনা ঈরুজবগুম্না তুক খোকই। হকচাং কাযাংবী মু শিং মতু ইম্দুনা সানরবদি লাইনিং লম্বী চৎলকপদা পাইর হনবগী মথৌ লৈরে, নাত্তোন য়েৎ-ওয় অনিদা চংলিবা মুংশিংপু "য়েৎ ওয়" কৌই। য়েৎ ওয় অনিসি সিক্লিম্নদুনা লাই নিংলবদি নিংবা থুংরৈ। পরৈ হনবা হৌনরে। [ য়ৎ-ওয় শিজিন্নবগী মরমদি লাইরিক অসিদদি ফোংদোকচরে ।]

নাহা—অহন ইবুঙো, ইবুঙোগী খোজালদগী ননাইদি মহৈ য়ানবা ওয়জরে, ননাইনা বাথল তৌরে। লম্বী পুম্নমকসি তাইবং মু সি লৈকোন্দা চংলিরৈদ, অহন নাক্তা চ জহুনা থমবনা চুমগদমানে হায়না নিংরৈ। ননাইনা হংজবিবনি,—য়েৎ ওয় অনিমক্না উম্বা খোরন পুম্নমক ননাইগী মফমদা যংবা মথৈ ফাংদোকপিউ।

অহন—হে ইনথংলকপা নাহা, রাবী অসিগুম্বসিবু মমা মপা ওয়বত্তুনা তাদবা মরমদগী তাইবংপানবসিনা কত্তবা লম্বী, কত্তবা

রাখল অসিদা অসুম্না মাংজোনবক্লিবসিনি। অফবা হায়রিবা ফত্তবা হায়রিবসি অসিনা ওয়রকপনি হায়বা খংবা উবা ঙমদে। মপুং ফাগক্রবা মতমদা মীনা খংনরিবনি। তাইবং পানবসিদি ওনথোক্লা লাক্লা থি। হৈত্রবহুমক্তদা হৈ হায়বা নিংতি ফত্রবহুমক্তদা ফৈ হায়না খল্লি। খত্রবমক্তদা খংই হায়না নিংই। ঐনা মচাওরে হায়বসিদা লৈনৈয়ে। ঐ চাওই, পিকই, কৈ ফত্তে হায়বা রাখল খল্লিবা মীদো, সোইদনা লম্বী পুম্নমক খংজগনি। অসুম্ন ওয়বা মীদো সোইদনা মথক কাগনি। ঐনা মচাওরে হায়তুনা লৈরিবা মীদো, হে নাহা, ওয়ত্রবনি হায়না খংডো। য়েৎ-ওয় অনিসিনা তম্বা লম্বী পুম্নমকসিদি নডোন্দা অমুক করি হায়গনি? মপান পোংলোই নায়নে হায়নিঙাই য়োই। মসিনা ঙমত্রবা লৈথিদ্রে। পুম্নমক্তি হায়দোকপা য়াখিদ্রে। নংনা পুক্নিং ফবা ঙম্মক্রবা মতংদা চৎপা ঙমগদবা লম্বী থরদংদি ত কনি। হৌজিক ঐ অমত হায়গে চ ও,—লৌফমদি অমত্তনি, লৌফম অহুদা মহৈ মরোং পুম্নমক্তি অমুত্তদা হৌদে, অমুক্তনা চপ মানবা মহৈ য়ান্দে। হায়বদি,—হৌজিক থোঙং থাদা হজাম উহুনা মহৈ ফংলে, হয়েং নোংজু থাদদি হজাম ওযন ঙম্মোই। মতম অহুনা হায়রিবা মহৈ ফোনচিংবা পুম্নমক মতম অহুদা ভরগা মহৈ য়ানগনি। হায়বদি—ফৌগী মতমদা হজাম উবা য়াদে। হজামগী মতমদা ফৌ উবা ফংদে অহুগুম্নহুনা ঈমাগী পুকনুংদা নাওফমদি অমতনি। মুপী মুপা অনি থায়না পোকয়ে। হন্দক নাওফমগী উফম মওং অসিনা

নিপা মুপী থারিবসিদী হায়৷ৌশি মং পুক্লিং চুরা তাও। নিপা ওয়বগী অথোইবা মরিক্না মক ওয়বদুনা মুপী ওয়বগী নাওজম্বা মচাও লৈবা লম ওয়বদুনা লম অহুনা মকদুনা তাকবগা মতোন চোংথিদুনা পাম্বী মেয়ৌ হনথিদুনা তাইবং ওয়বক্লিবনি। মহাও লৈবা লমদা' কুমজা মতমগী মহৈ ওয়খিবতম', নাওজমনস্থ কুমজা মতম নাইবা অমা লৈয়ে। হন্দক নাওজমদা কুমজা মতম নাইরিবসিদি লাইনিংথৌ লাইরেম্বী হায়রিবা মেৎ-ওয়গী মুংশিং অনিমা ওয়খিবনি। অথোয়বা মরিক হায়রিবসিদি নিপা মুপী থ্যবা লৈতে। নাওজম উকমদা থামজবনি। নাও-জমনি মমগী ওয়বগা মেৎ-ওয় মুংশিংকী মফুং ইন্দুনা লাম-অমোম মমোং থাম্বী। মেৎ-ওয় মুংশিং হায়বসিদি কুংজা মতমা থাম ওয়খিবনি। হায়বসিদি, মুপী ওয়বগী হবচাংদা লাইনিংথৌন। মেৎকী লম্বী থাকিংগী মতমদা মক তাথবদি মিপা মহোংনি। লাইরেম্বীনা ওয়গী লম্বী থাকিংগী মতমদা মক ত'থবদি মুপী মহোংনী লাইগী হায়রি, সোইখিদ্রবা হানি।

নাহা—অহন মাথং মফু, ইম নমাইনা অতোংগা হাজদোগে। মুপী নিপা থামজকপসিদি অহমা তাকপীবিবসি শোয়দবা লাইবানি থংজরে। কবিতম্বা মতমদা মমক শবক ওয়না ফিছুপ হায়মা মনিং-মনা সোইনা, মথোং,-মথুং সোই তাম্না পোক্লিবসিবু হায়বিথীবা লমীচুমী মফুং ইনিত্রা অহ নভনা লম্বী অদৈ করম্বা লৈখিবা, নমাইনা থংজনিংই।

অহন—হে নাহা, অহন্ন তাও ঐ হায়মকে। নংনা হোৌজিক

হংজিবা পুন্নমকসি লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মচুং ইনবা মকুনি। অনিমা চপ মান্না লৈরিবৈ মতমদা মরিক কোনশ্রবদি মরক শরক হাযবসি ওইবা পোকইরে। থুপী ওইবনা লমচৎ নত্তবা হকথেংবা থৃথক কথবা থক্লগা, অরাৱনা পৎথেং যৌবনা ব'খলবু থম্লিরৈদা মিহুন হুনশ্রবদি অসোয় অতাম মচা সোয়দনা পোকনি। মমম অসিনা; পুন্নমকসি নিংঙিরৈদা মিহুন হুনকদে। মতম ওয়ত্রিরৈদা মক তাশ্রবনু অসোয় অতাম নংগনি। সনরেম্বীনা তাইবং মী ওইগদবনু মচা থুপীনা থুনিং মসিং থুঅরৈদা চক্ষু মথুম হাংলুহনা থে ঙ ওয়খি হাযবা মাঙৌ লৈরিবনি। মমম অসিমা থুনিং থুনি্রৈদা ওইদা মাহিপকথোই।

মাহা—অহেন ইবুঙো, হায়রিব মমমসিদি, মনাই ঐ থংজরে। মসিগী মমম অমতংগা হংজগে। মশক কথবা কদবা হায়বা অনিসি থাইথিবসিবু কয়থা মমমগীদো থংজনিংই।

অহেন—মসিদি নাহা, থুপী ওইবথুগী মমমচৎ মপুম্নিংদা লৈরে। করিনা, উকম হায়বসি মহাকম, পুথিবনি মহাকৌ পুক্নিং লমচৎকী মতুং ইন্না উকদগী চথং ওইরিবনি। অদোবা থু ভাইবা অনিসিমা পুক্নিংগী লৌচৎ পুথিবনি। থুপী ওইংহনা মতম চপ চামা মনুক্নিংদা থংজগে হায়বা মথোং সতমনু সোয়দনা কংজগনি। অদো মা ন.হুনা মসাদা অকি অথং নংহুনা লৈরিবৈদা হুমশ্রবদি মশক থিবা মচা কংগনি।

মাহা—অদদা নমাইনা হংগৎচরিবনি', পুক্নিং লমচৎ মচুং ইন্নুমা অপংবা লাইরবা কথবা মচা পোক্লবদ', অদবা ইনাক

থুরবা অসিংবা ওয়ুবসিদ্ চম্বোইরা মসিদু. খংজনিংই।

অহল—ইবুঙো পুম্নমকসি হোৎবা ইয়া হেক য়াই। অহুম-দুদি ওইবগা য়াম্না থাগা থোরম্মি। মপানা মুম্না ময়খল তৌদুনা মীগা মামবা ভমজৈ শাবরা থাখলসি চেৎনা খল্লুনা অকপা থ'ম্মী পূম্নমক্কা সনা মচুম ওয়ারহুনা অচৎপা লৈফনা সে দোক্কনি। তাম্নবদি,—পুক্নিং লমচৎ চুমখোক্কনি। ফুহুনা চৈহুনা লাইরিক লাইশু কময়হন্নবসিদ্ পুক্নিং লমচৎ চুম্নবনি মমা পুকনুংগী শিনবকপা হায়বহুদি মসাদা চুহুনা লৈরিবনি। মচিনৈরনা মপাগী থৌরমদি মচাগী নোংমম্বা লাইনি হায়খিবহুনি। হায়বদি,—মপানা চৎলিবা লিচৎ অহুতদ্ পোক্কপা মচাহুম্ব সোয়দনা এয়মকই। অম্বুম্না পুক্নিংগী ওয়ারকপসিদ্ শিনবকপা কৌই। নহানমুক্কী মপোক্কৌম্নি হায়রৈ। অম্বুম্না চৎথবা লমচৎপু ফম্নবা হায়হুনা অদৈবা অহনগী নাক্কা থম্মরগা অমম্না থ রক থাজেমহুনা তাক-পীরগা শিনবকপা ফম্নবা লমচৎপু হোংবা ঙমৈ। ফম্নবা পুম্নমক থোক্কবা অকনবদ্ চাওখৎনবা হায়হুনা মধা মপা অহনশিংনা মচা মশুংদ্ তাকপী তীকপিরিংনি। মৈতৈন হায়বসি শিশিংলক হম্না চামহুনন্থ মচু কোকপা চৌনদে। মুবা হায়বসি মৈতৈন্দুগী শিনথবা (মচুনি) লৈচৎনি। অসিদ্ কোক্কনবা হায়হুনা পাইখ লৌশিং থিদৈ। মৈদা অমুক লৌখক্নগা মরেং অমা ওম্মখি, মচুম্ন ওনখি। অসিওম্না শিমবকপা ফম্নবা লমচৎ অমুবহুদ্ কোক্কনবা মপোক্ক অমা পেক্ক।। অহন নাকতা কম্নহুনা পুক্নিং ফ'নবা হোৎনগদি। পুক্নিং ফাবা থবকসিদ্ অচৌব্বা থবক অমনি।

হাথি চাকখোই। কমখিবা কমকম তোয়না হেংকখোই: মতৌ অদুম্না অহন নাক্তা থনগনি। অদুদনা নিংথো পুক্লিং মপুং ফাওকনি। লৈমদু থবা ভগলকনি। তাইবং হুংশি খৌরাংশু লেপকনি।

নাহা—অহন ইবুঙো, ননাই ঐ ওসিদগী হৌদুনা তাকপীরিবা লম্বী পুম্নমক ইমজরে। চাগন্থু হায়বা চিঙাক পুম্নমক ককচরগে। ওয়খিবা ওয়গদবা পুম্নমকী মাবৌসি তারগা ননাই ঐগী পুক্লিং পুংবা ওয়জরগে। ননাইনা অমুক্তা হংজরিবনি। অহম্না চানবীদুনা ননাই ঐঙোন্দা লাইনিংবগী মরিদা তাকপীরে। ননাই ঐনদি হুক্তবনা পুনঝনবসি থবা থাজরে। মশিঙু অমুক্তং হনবীগনি. অমসুং করম্থা লাইবু হৌজিক্কী মতমদা নিংগদৌরিবা? মসক মরোংবা করম ভাগদৌরিবা? মরোং অমা সাদুনা নিংগদৌরিব্রা? অদু নত্তনা থাখলত্তনা মরোং নায়দুনা নিংগদৌরিব্রা? ননাইদা মথংসিংনা তাকপীউ?

অহন—নাহা, লাই হায়বসি মরোন য়ামখ্রে। নিংনগদৌরিবা লাই অসিগী মানি, নঙোন্দা ঐনা থাম্বী লৌগদৌবনি, তাইবং মী ওয়বসু থম থোইনা চেম্না তৌবা ওম্বা অদুবু লাইনি হায়না লাৎনৈ। হৌজিক্কী মতমদা কনাগুম্বনা তাইবং মী ওয়না পোকখিবা অমসুং তাইবং পানবগী ফনবা হায়দুনা অফবা থৌরম তৌরিবা মী অদুবু লাইনি হায়দুনা মহাক্কী মরোং অমা সাদুনা, মহাক্তবু নিংলরি। কনাগুম্বা অমনম্ভ ভেংবানবগী মপুগী শকতম মরোং লৈতে, মরাম মত্তানতনি হায়দুনা মহুত্রী মতুং ইন্দুনা লাইনিংথৌ

হায়রনা কৌরবি। পুম্নমকসি মহাক মহাক্কী লাইনিং লশ্মী মচুং ইমা তৌরবিবনি। কনাগী বা অপুম্নমক্তু কনানা খংবা ঙমগে। অসুম্না চাওবাক্না খংনবা মকভনি। ঐনা মচিনকৈদা নঙোন্না মক্তেক অমত্তং হায়খিবত্তু করিগুম্না নিংশিংজবা? ঐনা হায়খিবদি, তেংবানবগী মপুগী মরোং সকতমগী অবেম্না লৈতে। অহম্না তাকপীবা য়াখং মচুং ইন্দ্রনা পাইপ্ত কম্না পাইহুনা থোংলোন তক্কক লাম্না চংকনি

মরোং লৈ-লৈত্তে হায়বসি নিংজিবা মীহুগী পুকনিংদা লৈরে। মরোং লৈ হায়না নিংলবদি মরোংহু ওয়না উই। পুম্নমকসি মীহুগী মশাগী বাখলদা লৈরে। অহুম্না ওয়ববসু অসুম্না মপান থোংদা নিংজিবনি হায়হুনা বাখলজনা মরোং শাজিনহুনা হায়নরগা ভাংনরগা লাইনিংবা কৌদে। মহু অঙাঙবগী থৌরমদা মতাযে। লাইনিংবা হায়বসিদি লশ্মী অমা তোঙানঙবা বানি। অহম্না তাকপীবা মরোং মফম অহুত্তনা তেংবানবগী মপু ইবুঙোনি হায়হুনা মরোং অহুদা লেপকনি। মরোংহু লেপলে হায়রগা অহন য়াখং মচুং ইন্দ্রনা হকচাং মসুংগী অখোইবা মফম ওইরিবা মপু ইবুঙোগী তুংনফম লৈকোম্নি হায়রিবা মফম অহুদা থমগনি। হকচাংগী থোং-লোন তক্কক হাংম্নবা হোৎনগনি। অহম্না তাকপীবা য়াখং মচুং ইন্দ্রনা পাইপ্ত কম্না পাইহুনা থোংলোন তক্কক লাম্না চংকনি। পুম্নমক্কী ওমখৈ ওয়হুনা লৈশঙবা-মুজাইবগী ঈপাক ময়ায়দা ফননা শাংঙবা শনাগী থম্বাল মথক্তা তুংচায়বা য়াম্নকবা হায়বহু ওয়-রহুনা থোংফম অমত্তা লোংমনা সম্না মচাল লুপা মজাল অনিগী মচু ওয়হুনা লৈরিবা ইবুঙোঙ্গু নিংগনি। মফম অহু ইবুঙো মহাক্কা

লৈশিবা লাইবৈবাক লাইকম হায়না খংগনি। য়েংক-ওয়গা শিজিন্নবদি খোংলোন ভকক লাম্নবা লন্দী লৈতে। মতৌ অসুম্না লাইনিংলবদি সিদ উপাল পাম্নবিবা মপু ইবুঙোহ উবা ফংৈব। মপু ইবুঙোগা উনবা ফংজবদি সিদ পায়বা ঙমৈব। স্থুংয়ায়দা ভক্কগা য়েংস্থ সনা ওয়বগুম্না, মপু ইবুঙোগা উন্নবা ফংজনবামৈহুদি মপু ইবুঙোগী ময়ায় পাঙল ফংৈজ। তাইবং মীনা মহাকপু লাইনি হায়না ইবাংৈন। অমস্থুং মীথোই মীহেন ওয়না পোকইবা মীহুদি লাইনি হায়না-নিংবসিদা লাইনিং লম্বীদা কবিস্থু কায়বা লৈতে। অহুম্নদি ওয়মগ; মীগী মীনোক চঙকপা মতাং অমতং লাক্নুনা লাইনিং লম্বীদা য়াম্না য়েথাইবা হায়বহু ওয়রে।

নাহা—অহন ইবুঙোগী খোজাল মরিক্কা ননাই ঐ হৌজিক থংজবে। ননাই ঐ অমতংগা হু জগে কনাগুম্বা লাইনিং চেংপা ইবুঙোশিংনা "ছুলসিবুংদা" অমস্থুং লাইনি হায়দুনা লাংলিবহুৗ মমাংদা ফম্নগা মিং উইসিন্দুনা লিশ পরেং পাইদুনা লাইনিংবনি হায়দুনা ভৌমিবসিনা কদায় য়েঁাবা লাইনিং লম্বীনো থংজনিংঙি।

অহন—লৌশিং য়েম্না ফবা ইবুঙো, অহুম্না ওয়বা লাইনিংদো মুঙায় লাইনিং অস্থুম হায়না কৌই। মমা ইবা হাদনা; পুক্নিং মুঙায়না নিংখা লাইনিং মথোং অমনি। লাইনিং অহুঙুম্বনি মমা ওক্নোক্না মমা, ওথোক্না লুনা চানিংবদা চাদুনা মিংবা য়ায়। পুক্নিং থিংজিন্না পুক্নিং অমতা ওয়না নিংবা ভৗনবদি লাইনিং লম্বী অসিনহু লাই ফংনবৈ হায়বা কবিস্থ লৈতে। অহুদা কনাগুম্বনা

অথোইবা পে'ৎচ' মঙ্গানা তিল্লগা মঙাক্তুগী ময়ায় মঙান্না তিনখিহনা হুপ্পগী অংত্তু' ওয়খিনা অথোয়বা ময়ায়নি হান্ননা হায়বিনী। হৌজিক অসিদা ইবুঙো মহাক্কী মওং অমা থম্মহনা নিংঙিবা সিবু করম্বা থাথংগীনো? ঐ য়াম্না খংজনিংই।

অহল—ঙাখল চেৎপা ইবুঙো, পুক্নিং তপ্পা তাও। অচৌবা, অথোইব, অহেনবা হায়রিবা ঙাকৈ অতুমসে নং খংঙো অচৌবা হায়বসি পোৎপুনি। অথোইবা হায়বসিনা ময়ায়বুনি। অহেনবা হায়বসিনা পোৎলম হায়নরকপদা অনিমকপু পাশঞ্জনবা হায়বা ঙাকৈনি। অহানবা হায়বা ঙাকৈ অমম্থু লৈরি। মহুনা ইতোপ তোপ্পনি। তেংবানবা মপু হায়রিবসি অথোইবনি। পুম্নমক্কগীস্থু হেল্লিবনি। মহাক নক্তুনা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈ-পক অতিত্রা মঙাংমক থবক ঙমদে। অস্থুম্না অথোইবা ময়ায় ওয়থিরদসিবু "অপোকপা" হায়রিবসিনি। তাইবং মী হায়বসিগী পুক্নিংদি কাবা য়াম্না ঙম্য' মরম অহুনা ইবুঙো মহাকপু মওং অমা পুথোক্লনা নিংনরিবনি। অচৎ চম্ভ লৈরিবা পুম্নমকসিদগী মচম চানা তিক্কুনা ওয়খিবা তাইবং মী হায়বসি পুম্নমক্কগী থোই হেল্লি মরম অসিনা তাইবং মীবু খুদম চনবসি অস্থুম্বী সানবদা ইরাই লাইনা শুম্বগুম্না, মরোং ওয়না নিংশিংবসিনা তাইবং মীগী পুক্নিং শুম্বা ঙমই। ঈপাক ঈচাও মঙায়দা তাওহনা লৈবা মতমদা পাকৈশ্ব লাংনা অমত্তং ফংলবদি শুম্বোক্না নুঙাইনি হায়রা থনবা অমম্ভুং লম্বী অনানবদা খোং থাবা য়াখিত্রবা মতমদা চৈন্থু অমতং লৈরবদি, ঙানা ঙানা ম্নোনিংবা মফম ম্নোবা

ভমখিবগুম্নহৌনা, নিংডিবা মঙংহৌনা পাকৈ ওয়রহৌনা ইবুঙো মহাক্কী লৈফম কোন্দা য়োঁজহৌনা মুংঙায়বা খুডম ফংবা ঙমকৈ। নিংডিবা মঙং অহৌদি পাকৈ চৈথুগতবনি। মফম য়োঁবরবদি চৈস্তুগী মখো লৈখিদবা অহৌগুম্নহৌনা, ইবুঙো মহাকপু ফংজরবদি, তাইবংদা শেমহৌনা শাহৌনা থমলিবা মরোং অহৌগী কয়িন্থ মখো লৈনিংঙে। ইবুঙো মহাক্কী লৈফম কোন্দু ফংবা ঙমজরবদি, ইবুঙো মহাক্কী খোঙজাল মঙালনা মুথাইবা ইথক্লা তাওহৌনা অশ অনা পুম্নমক্কী থাম্না লৈবা ঙমকৈ। মরোংসিবু লেপ্তহৌনা নিংডিবদি মুঙাইবা থুফম ফংজরবসু অতিঙাদা লৈবগুম্না খোকই হায়হৌনা লাইনিং অহনশিংনা তাইবংচাগীদি অথোইবা লম্বী ওয়গনি হায়হৌনা তম্বনা লাওখিবনি। উচেক মুং মুংদ্রবদগী লৌমী হৌখোল মফম থংবা ঙমদে। ঐগী মীগী নাইবা ঙমদে, অহৌগুম্নহৌনা মফম মরোং অমা থমহৌনা পুক্নাং লেপ্পখিবনি। অথোইবা য়াদি ইবুঙো মহাক্তি মরোং মশক নাইবা তাইবগুম্না থাইদোকপা কারণ্ড লৈবা নত্তে। ইবুঙো মহাক্তি ময়ায় মঙালদনি।

নাহা —ননাই ঐ ইবুঙোগী খোঙজাল ফংজরে। ননাই ঐ থরা ঙকচে। তাইবং পানবা অসিদা তেংবানবগী মপু অমা লে হায়বসি য়াদবা লৈতে। ইবুঙো মহাকপু কনাগুম্বনা অপোকপা হায় কনাগুম্বনা মরুপ অস্তুম্না হায়না। কোই, অমস্তুং কনাগুম্বনা ওথোকপা শক্তম অমা, অস্তুম্না মঙং অমমম নিংহৌনা লাৎকৈ। মচুস্থ মাম্নদে। অসি পুম্নমকসিবু কয়িনো থংজনিংই।

অহন—ঐনা মচিনকৈদা নঙোন্দা হায়খিবহৌনি, তাইবং মীনা

মহাক মহাক্না পাম্বা অহুনা ইবুঙো মহাক্কী মরোংনি। মহাক মহাক্কী পুক্নিংগী মতুং ইনবগুম্বনি। লৌরি লম্বী নাইবমক্তনি। অহন্না তাকপা মতুং ইন্দুনা নহাক্না পাম্বা মরোং অমত্তংবু চেংবা পাইগনি। মীনা নিংডিবহুনা মীহুনা ফংজৈ। নংনা নিংডিবহুনা নংনা ফংজগনি। মীনা মীওই হায়হুনা নংগীস্থ মীং মীগীহুস্থ নীংলবদি, হৌ অনৌ তোংবা থোকই। মহুম্না তৌরবদি ইওয় ওয়রবোইদবা মতাং অমা লাক্লে হায়না খংঙো।

‘ঐগী লাইনিং ঐগী ওয়য়ে
মীগী লাইনিং মীগী ওয়য়ে’।

তেংবানবগী মপু হায়রিবসিদি অকবা কত্তা নাপন হায়রিবা অহুমসিনা তিনগ্রনি। খুমন, লুয়াং, মঙাং, অহুমসি ইবুঙো মঙোন্দগী চোংথোকখিবনি। অহন অহুবসিনা তৌরগা ইবুঙো মহাক্কী মরোং লেপ্লিবনি। নীপা মুপী মবক সবক হয়রিবা অহুমসি ইবুঙো মহাক্কী মসা মন্নবদা চংগ্রবনি। তেংবানবদা লৈরিবা অচৎ চত্ত পুন্নকী হৌজম মক্তবু ইবুঙো মঙোন্দা লৈরিবনি। মথম অহুনা ঈপা হায়না কৌরবগু ইচা হায়না কৌরবগু কবিগু কায়বা লৈতে। অদেবা মিংথোন অমনা পুক্নিং অমত্তা ওয়না নিংলবদা, ইবুঙো মহাকপু কৌরবদা, ইবুঙো মহাক্না তাবীবোইদবা লৈতে। ইবুঙো মহাক্কী মীথোংদি ওমথৈ লৈতে। তাইবংপানবসিদা তাইবং মী হায়বসিনা মহাক মহাক্কী মরোন মতুং ইন্দুনা ইবুঙো মহাক্কী মীংথোন খল্লিবনি। ইবুঙো মহাক্কী মরোং মতৌ কুচু কুমেন্দগু

তাইবংপানবদা লৈরিবা মীয়াম পুম্নমক্না মহাক মঙ্গী যুক্নপকী চৎনরকপা ফিদম অহুনা ইবুঙো মহাক্কী মওং মতৌ অয়ুং কুচু কুমেনবু লেপ্পরিবনি। চৎনবী হায়বসিনা লুরকপস্তু কনা-গুম্বনা মিৎ চাওরব', নাতোন তুম্রবা মকোয় চেম্রবদি ককবা শকই। কমাগুম্বনা অহু থিবিক্তু য়েংদে। খোংদোন পিক্লগা য়াম্না ককবনি হায়হুমা হায়নৈ। মতৌ অহুম্না মীয়ামগী অপাম্বা হায়বসি মথল মরোং য়াম্মী। অহুনা হে নাহ', নংনা পাম্বহুতনা ইবুঙো মহাক্কী মরোং লেপহনগদবনি। ঐনা পাম্বা মীনা পা'মদে। মীনা পাম্ব, ঐনা পামদে। অমনা য়াদংবু কনাগুম্বনা য়াদবা য়াদে হায়রবদি সাওনবা মতাং অমনি। অহুস্তু অচুম্বহু থাদৈ শেংলবাদ সাওনবগী মথৌ নৈতে। ঈশিংদা ঈশিং তিনবগুম্বনি।

নাহা—অহন ইবু'ঙ', ননাই ঐ মতাংসি থংজরে। ননাইনা হৌজিক থব ডালজংসি ইবুঙোগী খোজাস্তননি। অহনগী মফমদা চজরিবনি। ঐগী ঈনংরোম্না অমনি। মীগীনা অমা ওয়থরে। হৌজিক অসিদা ননাই ঐদি মীগী মরোন্দা তাংজহুনা লাইসোন সোক্লে। তেংবানবগী মপু ইবুঙো অপোকপগী মতিক ময়ায়বু মীগী মরোন্দা ননাইনা সকচৈ সোক্লে। অকনসিংনা তাকপী, তুম্ব'-চিপ্পা, চাব-থকপা পুম্নমক্না ইবুঙো মহাক্কী মিংথৈসি সকচ সোক্লরবদি হয়েং সিরগা 'বৈকুণ্ঠ' হায়বহু ফংজগনি হায়হুনা হায়। 'বৈকুণ্ঠ' হায়বসি করিব, হায়রিবনো? মমাং মরোম্না সকইবা সোল-লিবহুনা করি হায়রিবনো? ননাই ঐ করি অমস্তা থংজবা লৈতে। অসি পুম্নমকসি করি খোকপা, অহম্না খৌজালবীয়ু।

অহন—নাহা নংনা হায়রিবসি ঐদি ওম্বোক্লা ভক্লে, ভম্বোক্লা ভনখিশ্রে। খবকসি অমুক ইনৌ নৌখরক্লে।

ঐদি নংনা নহানমথৈ তৌরিবসি খংহুনা তৌরিবালে হায়না নিংঙি। কম্লকই। অরেম্বদা মতম হৌশ্রে। নংনা তৌরম্বা পুম্নমক উত্তা ঘী হৈবা ওয়রম্মে। অহুনদি নংনা হৌজিক অসিদা য়াম্না থৌবাই য়াওনা ঐঙোন্দা হংঙিবা॥ নবাইবক হৈ, মতম লৈরিঙৈদা নসা চুক্রিঙৈদা নংনা বাখল তৌরকপসে; খঙ্কবদা য়াম্না নোক-ক্লিংঙি। নহানমথৈ নংনা সক শোল্লিবা পালা ফীজোন তৌকরিবা পুম্নমক্তু অরেম্বদা লাও খোংবা চোং-ফনবা ওয়রম্মে। নক্টী নরোন্দা হৈ-হা হায়হুনা উমজোং চোংহুনা সানরক্লংস্তু নসা হুমাং থোক্লুনা লাইথুং লাইনা কোক্লমগদবনি। পুন্সিরোন ওয়রমগদবনি। খংজরবদি হে নাহা, মীগী মরোন, ঐগী ইরোন হায়বা অমা লৈতে। পুম্নমক ইকান কাম্মৈ। অহুনা মীগী মরোন হায়বসে তম্বা হায়বা অমা নাইয়ে। মতম য়াম্না চংঙি। খবক য়াম্না শিংলি! ইরোলদি তম্মুংগী মথৌ লৈতে। ইসা ইসানা অহুমক খংজরকই মীনা থালি, বাটি, প্লেট, কপ হায়হুনা হায়, ঐখোইনা পুখম, তেজোং অস্তুম্না হায়। মহাকৌহুবু ঐনা হায়বদা ঐগী কনা অমতনা খংদে। পুখম, তেজোং হায়রবদি ইচা ইনাও পুম্নমক হেক্তা খংঙি। মীনা 'পানী' হায় হায়হুনা, ঐনা ঐখোয়গী ইমাদা-"মায় থোরা পানি দিয়ে" হায়হুনা হায়করবদি ঐখোইগী ইমাবা করিস্তু ঈশিং পিথকরবা লৈতে ইমানা স্থপসোই সোইদনা ঐবু চৈরকনি ভাংকনি অসিমকস্তু ইতোমতনা খংজরবদি ইসাগীদি ওম্বোক্লা কানবা অমলি।

খংজ্রবদি নখোংদা য়োহিলং থাংলিবা তেনব্রানা লোনবগুম্বনি। 'হরে কৃষ্ণ' হায়বসি মীতৈলোন নত্তে, সংস্কৃত মরোননি। করি হায়রিবনো হায়বসিদি হৌজিক যাওবা সংস্কৃত মরোন্দম্ব লেপ্পবা ঙমদ্রি। মীতৈরোন্দদি করি অমতা নক্রবগী মথৌ লৈখিদে। অহুনদি করি হায়রম! 'হরে কৃষ্ণ হায়বা লোলসিব মীতৈ ঐনা খংবা ঙমগনি? নাহা তৌরিবা পুম্নমকসি তেনব্রানা তাইবংলোল লোনবত্নদা মতারে। ঙারোই কারগা হঙোই চোংবগুম থোকই। 'বৈকুণ্ঠ' হায়বসি নংগী নরোন নত্তবমা অহনশিংনা হায়নৈন হায়হুনা নচিন্দা পুরতনি। করি হায়রমা মীগী লুরবা মরোংবু নংনা খঙ্‌গনি। করিগুম্বা মতমদা, নংনা র'থল তৌরবদা, বৈকুণ্ঠ কৌবা লুপাহুগী মমুমবু হায়রিব্রা হায়হুনা মঙন মঙন খনগনি। তাইবংপানবসিদা অহিংবা মীগী রাফমম্ব হায়বা ঙংম্রিবদা, অসিবনা লৈফম তুংভমগী পাওবু করম্না হায়গদৌরিবা? অচংবগী পাও হায়বা ঙম্নবদি অসিবগী পাওদি ফক্রা দা লেত্তুন লৈরিবনি। অহুনা ইবুঙোতোন, হৌজিক্কী পাওবু থ নবা হোংনখো, যাম্ন চাওথ্রবা মতাংনি। নংগী নসাগী হৌমিম্নরকপা নয়োল নত্তনা লোইনা খংবা ঙম্মোই।

নাহা— অহন ইবুঙোগী য়াথং মতুং ইন্না ননাইনা অমুক্কম্ব হংজরিবনি,—অহন্না হৌজিক হায়বিখিবদা, 'হৌজিক্কী পাও' হায়হুনা হায়বা বাসি ননাই ঐদি কয়া লাম্বা ফংজদে। অহন ইবুঙোনা মসিমক্তংদি থোজানবিয়ু।

অহন—হৌজিক্কী পাও হায়বা বাসি নাহা, হায়দোকপদদি ইথাই লাই, তিংঝনবদদি ওম্বে ক্রা বাবা থোরম অমনি। হৌজিক্কী

পাও হায়দুনা হায়রিবা য়াসিদি, মং ঐনা পো'ক্লকপদগী হৌজিক ফাওবসিবুনি। পোক্লকপনা করম্না পোক্লকপনো? লৈরিবনা করম্না লৈরিবনো? অসিগী তুংদা করি ওয়গদৌরিবনো অদুম্না খল্লবা য়াথলসি, হৌজিক অসিদা নং হায়বা ঐ হায়বসিবু লৈত্রবদি য়াথলসি তৌগিবা লৈরোইদবনি। নং ঐনসু সিরবদি নং ঐগী তগী ওসিসু হয়েংসু ওরাংসু অমতা ওয়া'থ্র। নং হায়বা ঐ হায়বসি লৈরিবগী নং ঐহাক্তনা ঐ হায়দুনা হায়নরিবনি। অদুনদি ঐ হায়বসি করিবুনো য়েঙ্। চ ডিঙৈ মতুপসিদা, নংসু ঐসু ঐ হায়বি। অতৈ অতৈসু হায়নরি। মসিদা ঐ হায়দি বসি। সিগ্রবা মীতমক ডাই থ্র। অদুনদি, খঙ্গ সে লবা য়ানি, খোরাইনা লৈরিবা মথৈ ঐ হায়বা ওম্মী। খোরাই অদুনা ঐ হাইনা হায়হল্লবনি খোরায় হায়রিবসিদি করম্না তৌই? তাও, খোই হায়দুনা খোরায় হায়রিবনি। মহাক্না খোরিবদি করিনো? হকচাং কাযাংসিবু মহাক্না খোরিয়ে। মহাক্কী লৈফমদি চফু অহিংবনি। তাইবং পানবগী হকচা দা তো লগা খোবায় হায়না খনৈ। তেংবানবগী মমু দা লৈরগা তেংবানগী মপু, হায়দুনা হাযরিবসিনি। হকচাং কায়াগী লৈম, ঈশিং, মুংশিং লৈপাক অমসুং অতিডা মডানা তিন্দুনা ওয়থিবনি। মডানা তিল্লগা ওয়থিবা হকচাং কায়াগী খংনবা মডা লৈখ'র। মদুদি—মিৎ, নাকোং, নাতোন, লৈয়েং, অমসুং উন মডা অসিনি। খোরায়না লেপ্পদা মডাসু থবক তৌখি। পুম্নমক মমিৎ মমায় পাংখি। হন্দক "খোরায" হাযরিবসিগা "তেংবানবা মপু" হায়বসিগা করি খোরুবা' মসিগী য়ারিসি পুক্রিং যাম্না খিংজিন্না তাও,—মৈদগী

ৈম চয়গা ৈলহৌবা ৈমগী মযেং তাদে । ৈমরক্তা ৈম ৈহজিন্নবস্তু ৈমগী চাওখৎপা ৈলতে । ৈমবিক্রগী চস্বা ৈমনস্তু ৈমজাওবী ওয় । ৈমদি ইমানবক বাৈয় । অতুগুম্বহুনা, থৌরায় হায়হুনা হায়রিবশিস্তু তেংবানবগী মপুদগী খায়বকপনি থৌরায়সি খায়দোরকই হায়হুনা তেংবানবা মপু অপোকপগী করিস্তু মযেং তাবা ৈলতে । মী অমনা সিরগা মথৌরায় অহুনা ইবুঙো মঙোন্দা সিন্নুবদা, ইবুঙো মহাক্তী করিস্তু চাওখৎলকপা ৈলতে । অস্তুম্না ওয়রিবা থৌরায় অসিনা তোংহুমা ৈলরিবা তাইবং পানবসিনা অথোই-অহেন নায়বসিবু কবিসীনো হায়ববদা ওবং ওয়' ঙংনা চাকপা ৈমস্তু ৈমনি, ৈমতানগী ৈমস্তু ৈহনি । ৈমতানগী ৈমদি মঙাল ৈলতে । শিংনা ফরগা শিংনা য়ায়গা অহুক্তী মতিক ৈমরা মঙাল ঙাম্নি অহুগুম্বদনা, মরিকপু সোইশিন্নবা মী অহুতনা মঙাল ফবা হেন্নি । মহাক্তনা মী অৈকবুস্তু উহন্নি । তেংবানবা মপু ইবুঙো অপোকপা হায়-রিবসিদি তৎপা-কাংবা ৈলথিদবা অথোইবা ৈমরানি । ৈম, ঈশিং মুংশিৎ, ৈলপাক অতিডা মঙাদা সিং ওয়রহুনা অতৎপা ৈলতনা চাকখ্রবা ৈমরানি । শিং মৈপনা চাকপা ৈমস্তু ৈমনি । শিং থুমাপ অমনা চাকপা ৈমস্তু ৈমনি । মরম অসিনা তেংবানবা মপু ইবুঙোগা পৌরাই হায়রিবসিগা অমতনি হায়বা খংনরিবনি, অমস্তুং থৌরায়না ৈলরিবা মথৈ হায়, ঐ ৈলরিবা মথৈ থৌরায় হাই । অহুমদি, ঐ হায়রিবসিগা তেংবানবগী মপু ইবুঙো অপোকপগা মতৌ অস্তুম্না তৌহুনা নক্কপ্রবা সাগৈ হায়বহু ওয়রিবনি । মখাদা হায়রিবা অহন য়াথংসি কাও :—

"মতৌনা তিল্লগা অমনি
অমগী মসাদি অহুম্রি।
মতৌমতা শাংলিবা লৈরেম্রি
লৈমাংগী লৈকাদি লিশিংনি।
ভংথৈদি নাইদনা পাওয়ৌনি
তাইবংনা শোয়দনা থংগনি॥

হায়রিবা পরে সিগী ঈচেলনা অহুমক থংনরসি, হে নাহা ঐ হায়রিংসি নিংনা উপালনি মতৌন্দা সাক্তবা লৈমাং লৈথ্রিজে। মতৌন্দা য়ান্দবা মহৈ লৈখিজে। ঐনা চক্তনা করম্না লম থুংগদ্রি। ঐনা ভদন থবক করম্না ওয়গনি। ঐনা নিংজদনা নিংবা করম্না থুংগনি। ঐনা লৈরিবা মথৈ তেংবানবস্ত্র লৈরি। ঐনা লৈরিবা মথৈ মুমিং থা অপানবা পুম্নমক ভাল্লিবনি। ঐনা লৈত্রবদি কনানা তৌবীবগনি? কনানা মুমিং থাগী পাওসি হাযবিগনি? ঐনা তৌবা ভমদবা লৈতে, ঐনা য়োদবা মফম লৈতে। ঐদি তেংবানবসিদা সিনবা থুংনা লৈরিবনি। তেংবানবদা অনৌ অনৌবা পোংলম পুম্নমকপু ঐনা পুথোকপগী অরোইবা নাইদে। ঐবু থিনবদা কয়া অমনা চ'দ থক্তনা মঘুন মকৈ থাগ্রে। কয়া অমনা চাদ থক্তনা মুংগী মতমগুম্না লৈগ্রে। ঐবু থিনবকপদা লাইনিং চেৎপা ওয়খিদুনা সিদ উপান ওয়থরে। হে নাহা; হায়রিবা বাসে, নং তায়োম্নগনু।

নাহা— অহনবু মনাইনা থুকমজে। মনাইদি পুক্লিং সেংনা হায়জরিবনি। লাইনিং লম্বী অসিদা অহম্না চংপিরিবসিদগী

অতৈ লম্বী লাম্মগে হায়বসি ননাই ঐগী করি অমত্তা য়াথল লৈজখ্রিদ্রে, অহন্না তাকপীরিবা লম্বী অদুদুনা ননাই ঐগী অথোইবা লম্বীনি। মসিগী মরিদা অহন ইবুঙোমসু ননাইবু খোজানবীখ্রে। ননাইনা হৌজিক হাযজরিবনি তেংবানবগী মপু ইবুঙোবু করি মিংথোন্দা কৌদুনা নিংগদগে, নিংজরিবা ঐনা করি ওয়গদৌরিবা, ইবুঙো মহাকনা করি ওয়গদৌরিবা? খংজনিংঙি।

অহন—ইবুঙোঙোন, ইবুঙো মহাক্কী মিংথৈদি তেংবানবগী মপু হায়দুনা হায়রিবসিনী। অপোকপা হায়গে হায় সিদবা হায়গে হায় মহিরেন হায়গে হায়. স্ন মহি. পাখংবা, পোক্রেন পোকপা সাংলেন শাংপা হায়গে হায়রবসু হায়। নংগী মথোৱাইনা পামজবা মিঙ্খৈ অদু ইবুঙো মহাক্কী মমিংনি। মীওইবনা থৌ-রমগী মতুং ইন্দুনা নিংখিবদা, মহাক মহাক্কী থৌরম পাংথিবনি। অমহিকনু মৱোল মৱোলনা থোনবিদুনা ইবুঙো মহাক্কী মমিংনি ইবুঙো মহাক্কী মমিংদি তাইবংমীনা থোনবগী অ:রাইবা নাইদে। ইবুঙো মহাকপু নীংবা মতমদা, ইবুঙো মহাক্কী পুন্নমক্কী অথোইবা নিংথৌরেলনি হায়দুনা থনগনি। নিংজরিবা মী অদুনা মনাইনি হায়না থন্দুনা নিংজগনি। মনাই ওয়রবনা মপুবু পেনদ্রবা তৌবা থৌরমগী মৱোংদা নীংগনী অদুদদা ইবুঙো মহাকপু ফংব ভমজৈ, অহনসীংনা হায়নরী—

"ওয়জনীংঙী মনাইবু
ফংজনীংঙী মঙালবু।

তিল্লনীংঙী থোরাইনা
নীংজনিংই পুংক্লিংনা ।
উনরগা হায়জগে
ঙীনরগা পেজগে ।
হৌভম শাংফম ওয়রিবা
লোইভম লোমফম লেপ্লীবা ।
য়াংবী লৌসিং ওয়হনবীমু
পাজন ইচিক হুলহনবীউ ।
নসাদগী হুনবমি
মায়ান্দগী শাংপনি ।
লৈরাং লৈসক থংজগে
য়ায়বী মনম তিনজগে ॥

মাহা অহনগী য়াথংবু কোকথক্তা থোংগৎচরিবনি । মনাইগীদি মচৈ য়ানবা ওয়জরে । অমা অনিদংগা হংজহুনা পুরিংগী চিংনবা কোকপা ওয়জগে । অংন্না হায়বীথিবদা, ইবুঙো মহাক্কী মনাইনি হায়না নিংলবদি ইবুঙো মহাকপু উনবা ফংজৈ হায়হুনা হায়বীথি । মনাই ঐনা মচিনডৈদা রাবী অমত্তং তাজখী, নিংবা হায়বসি রাথল লম্বী মঙা শুই হায়মা তাজৈ । মসিগী করিগুম্বা লৈরবদি রাবীহু মথংশিংনা অমুক্তং তাজগে ।

অহন—রাবীহুদি অসিনি নাহা,

(১) তেংবানবগী মপুবু মবোং লৈতে মথায় মঙালদনি হায়হুনা নিংবা অমনি ।

(২) ইবুঙো মহাক্না পুম্নমকী অহন্নী, পুম্নমক মহাকী মনাইনি হায়না নীংবা অমনি।

(৩) ইচাবু নু শিবগুম্না নিংবা অমনি ।।

(৪) মরুপকী মরুমগুম নিংবা অমনি।

(৫) মপুরোইবনি হায়বা নিংবা অমনি।

মখল মঙাসিমক অমবু অমনা হেন্নদে। অদুম্নদি ওয়বগা মনাই ওয়বগী রাথলদ পুডুনা নিংলবদি, পুম্নমকী চানভম পোকই। করিনা নিপা ওযবিবনস্তু মনাইনি হায়বা, মুপী ওয়বিবনাস্তু মনাইনি হায়ব, মরক সরকন্স্তু মনাইনি হায়বসিদা করিস্তু অকায়বা লৈতে। মচিন্নৈঙগা এন্না হায়খিবদুনি, মবোং অমা থমদনা ময়াম মঙালতনি হায়দুনা নীংবসিনা লাইফংনদুনা মু ভাইরবস্তু অতিঙাদা লৈদুনা মুংঙায়বগুম হোকই। মচাগী মতমগুম্না নিংবা হায়বদুস্তু অরিং অয়াংগুম থোকই, মতোংতগী লাইনিংদা মতাইয়ে। মপুরোইবনি হায়দুনা রাখল তৌদুনা নিংবস্তু অদু মঙাই। মপুরোইবা ওয়বা নিংবসিদা অপংবনীদি অথেনবা রাখল অমা লাকই। করিনমো হায়দুনা হায়বদা নিপা ওয়বনা মুপীনি হায়বা রাথল পুগদৌরিবসি অমস্তুং মরক সরক ওয়রিবদুনা মুপীনি হায়বা রাখলদা পুগদবসি হন্দকী মপোক্লদি ফনা লুইয়ে। অদুনা পুমচন চন্নবা য়াবা রাখল "মনাইনি" হায়না নিংবসিনা অথোইবা ওয়গনি। মীথোই মীহেন ওয়না পোকইবা তাইবং মী অদুবু লাইনি হায়না নীংঙকপা মতমদদি, মরুপনি মচানি অদু নত্রে, মপুরোইনি হায়না

নিংবসিনা অরুবা ওয়গনি। অচোবা অমবু উয়গে হায়ডুনা তৌরকপদা, থোংঙাবপদা অমুক চং, পান্নবিবদা অমুক চং, অডম অথৌদা অমুক চং, অদুগ্না তৌডুনা হাৱোই হাৱোই তৌবদসু হকথেংনবা মনাই ওয়ডুনা থোংঙাকপমচিংবা পুন্নমক্তসু হজোই তুকচবা মী অমা ওয়ডুনা মপুদগী হেন্না অতৈ কনাবুসু কিক্নদনা মপুগী নাক্তা চংডুনা থৌগল তৌথগ্নুনা তেংবানবগী মপু ইবুঙোগী মফমদগু মতৌ অদুগ্না তৌবসিনা লাইনিং বাথল অচুম্বনি। হে বাহা, বাবীসিং অসিনা অদুমক লোইশিনখিসি, হায়খ্রিবা বাবী থরদংসি নং য়ান্না নৈনথো অসিনসু নংগী লৌশিং মৈবা ওম্থোক্না চাওথংকনি। ফেংঙগা লংই, সিজিন্নবগা থবক চৈন্ন থবক তৌবগা থবক মশক থংডি। তৌরগা কুংলি, থাজবগা তোংডি। তংলগা-থোংলগা থংই। বাবীদা হায়খ্রিবা থৌরম পুন্নমক অসিনা নদাদা চুবক্লবা মতমদা ঐনা অমুক হন্না অরুবা মতাংগী বাবী তৌগনি। মুমিং থুদিংগী তেংবানবা মপু ওয়রিবা অপোকপা ইবুঙোগী সাথোলগী তরাসে নং তক্তনা সকউ; কৈরোই লৈকাইগী পুন্নমক্তসু সকউ হায়দু, য়ায়ফবা ওয়গনি, লাইগী বায়েলনি।

## শাযোন তরা

থুক্তমজৈ অপোকপা লাইনিংথৌ য়ায়ফবা
নওংনা নতৌনা তেংবানবা ওইরিবা ॥
লমদা থা ওয়রনা থাবম লাই ফাওরক্লে।
উরিগী উপালগী য়েন্নিংসু হুক্লক্লে ॥
মপুগী য়াথংনা লৈরাং শাংথ.র

ঙৈব্রাংগী ময়োন্দি নারাফম ওয়থরে ।।
ইবুঙো লাইনিংথৌ নয়াথং চুংত্রে
অপোকপা মপারেন খুদমবু ফাওত্রে ॥ ০ ॥
থৌজালগী মশক্তা মপুক্লিং ওয়দুনা
তাইবংবু নয়ায়না শেম্মগে নিংদুন ।।
ঈবংগী ঈপাক্তা নওংবু ওয়থিবা
মপুক্লিং লমচংনা পুন্নমক সুপথিবা ।।
ঈবংগী ঈথৈনা ঈভারেন ওয়থিবা
ঈভারেন য়ায়বীনা নীংঝিংবা ফংথিবা ।। ০ ।।
নতিক্কী নয়ায়গী পাঙলগী লৌশিংগী
পুন্নমক বাক্তনা মপুংবু ওয়বগী ।।
ওয়নিংবা ওয়দুনা লৌনিংবা লৌদুনা
নপুক্লিং লমচংনা নওংবু ওয়দুনা ।।
তেংবানবা থোংদুনা নপক্তা হাপথিবা
ঈভারেন মওংনা থেঙ্গুরেন ওয়থিবা ।। ০ ।।
থেঙ্গুরেন লাইস্নাশা পুখংপা রাখরে
তেংবানবা হকপনা ঈপুরোই ননথরে ।
ওক্রারেন ওয়দুনা ভকচাওনা পুখংলে
মপুগী য়াথংনা তেংবানবা ওয়রক্রে ।।
অভকপা মপারেন অভকপা কুমৈনি
য়ামফরি হায়দুনা তাইবংনা শোনগনি ।। ০ ।।
ওক্রারেন চোকথরে মথৌনা লোমথরে

য়েক্লবা শাগৈনা লাঙ্গোই লাং চনথরে ॥
মপুক্লিং ওনবনা পসোংপু ওয়থরে
নোংশারেন ফীহুম্মু মপুনা লৌথরে ।
য়েক্লবনা ভমহুনা লাঙ্গোই লাং থংথরে
য়ায়ফবা লৈবুনবু তন্তন চাইথরে ॥ ০ ॥
য়েক্লবা ভম্বস্থ মপুক্লিং থুংখিদে
পুক্লিংনা পাম্বস্থ তাইবং শক ফংখিদে ॥
নিংবগী মহৈনা পুক্লিং থুংথরে
পিশকী মওংনা তাইবং শক ওয়থরে
ফংনিংবা ফংথরে লৌনমবু তেৌথরে
মালেমগী পুক্লিংদি অ বম্বা ওয়থরে ॥ ০ ॥
উহৈনা চাওখিবা বায়েলনা মুনখিবা
মতমগী থোংলৈনা মথোকপু লোয়খিবা ।
মালেমগী মথক্তা তাখিবা হৈরাংগুন
উরেমগী মওংবু মসাদা তিনবগুম ॥
অপোকপা ইবুঙো তাইবংবু শেমথরে
মমিংবু মথাবু মসাদা তিনথরে ॥ ০ ॥
তাইবংপান ফাওথরে মপ ঙস ফংথরে
মপাগী য়াথংনা মালেমবু হাংথরে ॥
মালেমবু হাংখিবা মৈচাক্তি কনখিয়ে
লাইনিংবা অহল্লা মৈচাকপু কোকপিয়ে ॥
তাইবংগী লাইনিংবা লম্বীবু তমবীথি

মাংলেমবু হাংখিবা মৈচাকপু কোকপিথি ॥
পুক্রিংনা সনা ওয় লমচৎনা কোন্সেং ওয়
অপোমবা লৈরাংদা থোইমু ইনফরোয় ॥
লাইরৈবাক কোন্নুংদা লাইনিংথৌ পানবগুন
সনাগী তাংবলদা মুভায়না ফম্বগুম ॥
মুভায়রি তাইবংনা মপুক্রিং সেংজরি
অরাংনা লৈত্তনা মপুগা লোইনরি ॥ ০ ॥
মপুগী মহুম্না য়ায়বীকোন নিংথিরে
মতমগী ময়ায়না রাথলম্ সু হোংখরে ॥
ওয়দবা রাথলবু থৌরায়না পামখরে ॥
নত্তবা লমচৎনা পামুংসম পাংথবে ॥
তমখিবা পুকচেলনা নপুক্রিং ওয়খিবা
তেংবানবা কুমৈবু অস্তুম্না সেমখিবা ॥ ০ ॥
তাইবংগী চিঙ্গারা লৌশিংদি ফংদ্রুনা
মতমগী ঈরাংনা পুক্রংবি চেত্তুনা ॥
অপোকপা মপুগী মনমবু ফংজখি
ইবুঙো লাইনিংথৌ মসাদা কোঞ্জখি ॥
মসাবু হাংফদে মুঙ্গুনা লাওজখি
মপুগী য়াথংনা লাইরৈবাক ফংজখি ॥ ০ ॥
অডৌবা শাগোলবু মপুনা তোংগনি
অকিবা মসক্ন য়েক্লবা হাংকনি ॥
কুমৈ লোইদুনা থাখনবু তারনি

তেংবানবা অপুম্বা ঈরাংবু ওয়গনি ।।
অঙকপা মপারেন অঙকপা কুমৈনি
অঙকপা থৌরম্মি অঙকপা মঙংনি ।। • ।।
হৌভমগী বারীনি লোইভমগী পক্কেংনি
তেংবানবা মকপা লেপ্পবা রাহৈনি ।
বারীসি তারগা তাইবংপান লানগনি
মপুম্মী থৌজালনা লাইরৈবাক ফংগনি ।
মপুগী রাখিবু মনাই (ফুলোনা) না লেংজরি
অরাগী থৌগলবু তংতনা তৌজরি ।। ০ ।।

(লোইরবা)



লাইনিং অহল ফুলোনা থিজিনবিদুনা ইবিরম্বা অপোকপা মরুপ্পা, মীতৈ মরুপ্পা উনম তৌজবা।

১। মীতৈ মযেক অহানবা মপী-লাইরিক।
২। ঐগী রাবেং।
৩। মীতৈ হৌভম রাগী।
৪। পামহৈবা।
৫। তেংবানবা অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাও।
৬। থ'ইন নোংইন।
৭। অহল য়াথং।
৮। অপোকপা মপুগী তুংনফম।
৯। মীতৈ ঈশৈ।
১০। সনামহি কোনসেং তুরৈ সেংবগী বারি।
নবাননা থিজিন্নুনা ইরবা।
১১। অঙাং চাউহ্নগী লাইরিক।
১২। অহলনা নহায়া লাইনিংলম্বগী পাওতাক।
১৩। অঙাং ইপান থাবা।
১৪। কোংলাই থুকম্বা কৌকৌরোলগী লাইরিক।
১৫। অহলনা নহাদা অপোকপা থুকম্বগী রারিলিবা।
১৬। নোংলোন পথুপ রাচেৎলোল স্নামহি নিংবা পুন্সিংলোন।
১৭। তেংবানবা অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাওগী বাহলথোক।
১৮। লমতাই থাজা সজিফু চৈবাওবদা কোম্বে'ম্বা রাই তৈথোক্লগা লুক্রন অহুম থাদুনা কৎননবা লাইরিক।
১৯। অঙাং ইপান থাবা
থৌরম পবেং অশুবা

---

*Printed at :*

THE
POPULAR INSTITUTIONAL PRINTERS' ASSOCIATION
Sagolband, Tera Keithel, Imphal-795 001